# শ্রীপঞ্চালী অনি

লইবা—

বান্নী ওইনা—শ্রীক্ষেত্রিময়ুম ৺তোনম্বা সিংহ
লাইরিক হাম্বা।

শেম্বং ওইনা—শ্রীক্ষেত্রি কালা সিংহ, এম, এ, বিএড্

# মাহৌদোক

লাইরিক অসিগী শরুক খরা—শ্রীপঞ্চালী পূজা বিধি—পিতাজীনা ইহুনা থমবিরম্লে। অদুবু করিগুম্বা থুদোংচাদবা খরা লৈবদগী পুম্না ফোংদোকচবা ঙমজদ্রে। অরাৎপা শরুক অদু মতম খরগী তুংদা ফোংদোরবা হোৎনজগনি। মসিগীদমক্তা পাঠকশিংনা মাফ তৌবিগনি।

শ্রীপঞ্চালী অমি অসি ঐখোয়গী পিতাজীনা মারী ওইনা ইথোকপীরম্লবা মতুং পংকুই কুইদনা, ঐখোয় খ্বাই ইমুং—মম্লুংবু—হুন্দোকপিরম্লগা সংসারদগী বিদায় তৌখ্রে। পিতাজ না লৈখিদ্রবস্থ ঐখোয়না ফোংদোকচরি অরাৎ অপা অমদি ৰনান্নচিংবা লাম্নবা য়াওরবস্থ ময়াম্না ঙাকপিগনি নীংজৈ।

অরোইবদা লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনবদা মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা শেলগী মতেং খরা পীবিধি মসিগী-দমক্তা ঐনা তৌবিমল উচ্চরি।

শ্রীযোগেন্দ্রজীৎসিংহ
প্রকাশক

# শ্রীপঞ্চালী অনি



## শ্রীহরি পঞ্চালী

শ্রীকৃষ্ণগী নাম লীশীং অমনি।

মতুগী মমুংদা শ্রীহরি, কৃষ্ণ, গোবিন্দ, মাধব

মরি অসিনা অথোইবনি।

'হরি' গী অর্থদি

'হ' না কৃষ্ণনি

'র' না রাধাবুনি।

কৃষ্ণগী অর্থদি অরেপ্পা নুংঙাইবা,

ঙন্না মরন লৈতবা হায়বনি।

'গোবিন্দ'গী অর্থনা

'গো' ধন, 'গো-গোপবু

গোবর্দ্ধন থাঙজকুনা

'বিন্দ' ঙাকই হায়বনি।

মাধব হায়বগী অর্থনা

'মা' লক্ষ্মীগী মপুরোইবা

অতোপ্পা অমনা।

গোপীগী মপুরোইবা হায়বনি।

অদুগুম্বা স্বয়ং ভগবান কৃষ্ণনা
চিৎ-শক্তি পুথোক্তনা
গোলোক, পরব্যোম, বৈকুণ্ঠ
কোম্নুং অহুম শেমখিয়ে।
প্রলয় চঙদবা চিন্ময় ধামনি।
মুঙাইবগী ভুঙনকমনি।
শ্রীকৃষ্ণমা লৈবা মফমদা
কোম্রনা পাইদুনা লৈরিয়ে।
মনা লৌশীং অমা পানবা
অশংবা থম্বালগী মওংনি।
থমজেৎনা গোলোক্নি।
লৈরিব্রা পরব্যোমনি।
মনানা বৈকুণ্ঠ ময়াম্নি।
অদুগুম্বা গোলোক ধামদা
রতনগী থাউমৈ থাম্লি।
সনানা কৌজং ওইবা
অশংবা অঙাংবা মচুগী
মণি মুক্তানা হাজং লৈবা
রতনগী সিংহাসনদা
শ্রীকৃষ্ণনা ঙাম্থোইরি।
মমাউশিংনা কাংহাই চামর থোৗগল্লি।
বৈষ্ণবশিংনা তুলসী পত্র

লৈ-শু পায়দুনা
প্রেম সেবা তৌরি।
ঋতু তরুক্কা থোগল্লি।
বৈষ্ণবশিংগী চঙনকল্লি ;
সাধুশিংগী নীংনকল্লি।
সত্বগুণ চেনবা বৈষ্ণব নত্তবা
রজ তমগুণ চেনবা
অথোয়বা নাপল লৈবা
পাপ চেনবা জীব
ধর্ম্ম নিতি য়াওদবা
চঙবা য়াদে মকমদো।
ধর্ম্ম হায়বা পোৎশকসে
লাপ্পা লৈবা নত্তেয়ে
'ধৃ" ধাতু অমিদা
'মন" প্রত্যয় তৌরগা
ধর্ম্ম হায়বদো মওইরে।
মৈগী ধর্ম্ম চাকপনি।
ঈশিংগী ধর্ম্ম চোৎপনি।
মীগী ধর্ম্ম কৃষ্ণসেবা।
'চলা" লক্ষ্মী চলা প্রাণ
চলা লেতি সংসারিক ধর্ম্ম
এ কোনি নিশ্চলং।

ললম্ব মাঙই থরাইম্ব মাঙই।
পোকপা শিবা নাইবা
অয়েম্বা লৈতবা তাইবঙনি।
ঐগী, নঙগী, মাগী,
ফজবা, অথৌবা, সুংশিবা, য়েক্লবা,
ইনাকথুনবা লাইরবা
নিংথৌ ওইবা ভীক্কারী
জীবগী অয়োইবা মিকুপ্তা
লোইনা মদোম মাঙজয়ে।
ধর্ম্মদি লেংবা মরৈত্রে।
জীবনা তাইবঙ লোমলকাও
তৎনা থান লৈতনা
অতম মদোম লেইনপ্রে।
অচুগুম্বা ধর্ম্ম পালন তৌবা
স্বয়ং ভগবান হরিনি।
পাম্বোম মরি পানবা
শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম
খুলাই ম'র পায়বা
কিরিটী কুণ্ডল, সনা কিগে,
খোঙদোপ, খুদোপ, খুজি, ভাল,
মেখলা, নপুর, মুক্তা পয়েং
লৈতেংলবা ইবুঙোবা

নরায়নগী মুত্তি পুথোক্তনা
পরকোমদস্নু ঙাম্মোইরি।
নরায়নগী খুৎলাই মরিসে
পাঙ্গন শোল্লি পায়বা নত্তে।
সাধু বৈষ্ণব মতুশোনবা
মপী মপা লৈত্রবা
তোন্ন তারবা, ভক্তি লৈবা
মনাই কনবিগে পায়বনি।
অসিগুম্বা পরকোম নরায়ন্না
ময় বেঙ্গ মরি পুথোকখি।
১। বাসুদেব ২। শঙ্কর্ষন
৩ প্রসন্ন ৪ অনিরুদ্ধ
নরায়ন মরি অসিনা
পরকোমনাথকী মাইকৈ মরিনা—(১)
অমমম ওইনা ঙাক্লিরে।
নরায়ন মরি অসিনা
মৈকম অত্তুদগী মৈথাং মৈথাং
মথং মথং চমখিবগুম
নরায়ন অচম ২ অমুক
ভয়ানিথোই শুনা পুথোকখি।
ভয়ানিথোই অসিনা
থা ভয়ানিথোইগী
অধিস্থা দেবতা ওইবিরি।

হিয়াঙৈদা কেশব, পোইন্থুদা নরান,
রাকচিংদা মাধব, কাইরেন্দা গোবিন্দ,
লমদাদা, বিষ্ণু শজিবুদা মদুসুদন,
কালেন্দা ত্রিবিক্রম, ইঙাদা বামন,
ইঙেন্দা শ্রীধর, থবান্দা হৃষীকেশ,
লাংবন্দা পদ্মনাভ, মেরাদা দামুদর।
মসিদা নত্তনা নরায়ন মরাম
মথুরাদা কেশব, ক্ষেত্রদা জগনাথ,
প্রয়াগদা মাধব, লোইনা থাবা শুমঙ্গে।
শ্রীকৃষ্ণগী অবতার তরুরি।
পুরুষাবতার, লীলাবতার, গুনাবতার,
মন্বন্তরাবতার যুগাবতার, শক্ত্যাবেশবতার
তরুক অসিগী মথাদি ইকরোই
গুনাবতারগী মতেক খরদং ইজগে।

---

## গুণাবতার

শ্রীপরকোমনাথ নরায়না
লক্ষ্মীগা লোয়নবা ভাহোইরি।
সত্ব, রজ, তম গুনশিং পুথোক্নি।

ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর
মুর্ত্তি অহুম ওইথিয়ে।
মুর্ত্তি অহুম অসিনা
খুৎ জুড় তৌদুনা
স্তুতি কৎলি মবুঙোদা
'হে প্রভু মনাই অহুম শেখীবা
করি শিল্পা পায়জোগে
অমুক থৌদা তাকপিয়ু
পাঙথোকচগে নয়াখং' ।
অহুমগী মপাউ তাবদা
তাকপীরকই নরায়ন ।
'হে ব্রহ্মা নহাক্না
সাবিত্রী দেবী লোয়ননা
ব্রহ্মলোক কোম্নুংদা লৈরকরো ।
তাইবঙগী লেই পাল্লিবা
অচৎ চত্ত জীবগী
স্বষ্টি কার্ত্তা ওইরকরো ।
'মহাবিষ্ণু নহাক্না
লক্ষ্মী দেবী পুদুনা
ক্ষীরদ সমুদ্র কোম্নুংদা
জগৎ পালন তৌরকরো
সাধু বৈষ্ণব কম্নুরো ।

'শিব মহাদেব নহাক্রা
কৈলাস কোমু'ংদা
দুর্গা দেবী পুচুনা
রুদ্র তরামথোহৈ পুথোক্নুনা
মহা প্রলয় তৌরুরো
শিস্থা ভস্মা তাকপিরে।
অহস্মক য়াথং ফংজরে।
মাগী মাগী কোমুং পাংখরে।
ভস্মা শিস্থা পায়নখ্রে।
জগৎ মপু চরিনা
রাধা, লক্ষ্মী, স্বরস্বতী
দুর্গা সাবিত্রী
প্রধান প্রকৃতি মণ্ডাসে
তাইবঙপাল শেম্নবা,
জগৎ জীব য়োকুবা
শেমখিয়ে।
শ্রীরাধা কৌবী প্রকৃতিনা
তাইবঙ জীব পুম্বদা
থবাই ওইনা নৈবিরি,
জীবনি শক্তি পৌবিরি।
মানবু নৈত্রবা য়াওদ্রবা
লোইয়ে জীব অহুগী।

লক্ষ্মী কৌবী প্রকৃতিনা
তাইবঙ মরিদা লৈরিয়ে।
খুংঙাইবা য়াইফবা
চানবা থক্সবা
মরল অহুম পীবিম্মি।
পীজ পীথক তৌত্না
জীব পুম্বা য়োকপিরি।
তাইবঙ জীব হি হল্লি।
লক্ষ্মী চেন্দ্রবা মীত্রদি
নিং তেক'থৈ নোমতু·স্ত্র
খুংঙাই য়াইফবা মঙমদে।
লক্ষ্মী চেল্লবা মহাক্তো
খোইনা কা হেম্মা শুভ্রবস্ত্র
বাণ্ড পাদবা স্থুচাইবা
হায়বদো হেক্তা মওইরে।
মরম অসি লৈববা
লক্ষ্মী পূজা তৌনরি।
স্বর্গদা লৈরে স্বর্গলক্ষ্মী,
নিংথৌদা লৈয়ে রাজ লক্ষ্মী.
গৃহদা লৈরে গৃহলক্ষ্মী,
লক্ষ্মীগী কোলোই য়ামথরে
থাবা লোইবা ওম্মোই এ।

দুর্গা কোবী প্রকৃতিনা
মীওইবা বুদ্ধিদা লৈরিব্লে।
জীবনা থম্নরিবা ৱাখল
অফবা কত্তবা
অচুম্বা অৱানবা
মাতনা খঙহল্লি ।
বুদ্ধি কবা লৌশিং লৈবা — (২)
মীখোই মীহেনবা মীকোকখোংবা
মাতনা ওইহল্লে।
কু-বুদ্ধি ওইবা মহাক্তো
মীগী মথা মপোল্লে।
মহৈ ফন্ন তমদুনস্তু
হৈবা খঙবা মরৈরক্লে।
উনিং অহোবা ঈশিং হৈবা
হায়বা হেক্তা মওইরে।
মরম অসিদগী দুর্গা পূজা তৌনরি।
স্বরস্বতী কোবী প্রকৃতি
জীব পানবা খুদিংগী
লৈয়েংদা চগুদুনা লৈরিয়ে।
ৱা তাগুবা তমলিবা
মহাও মশক খঙলিবা
পূম্নমক মানা ওইহল্লি।

মানবু নৈত্রবদা
কনা খঙ হৈয়বমু
রা ভাঙবা শুমত্রে।
অহাও অথুম মথঙত্রে।
মহাও মস খঙত্রবা
জীবহৃদি মরোহরে।
শোয়দনমক নোঙ্গারে।
মরম অসিনা ঐথোয়না
চহি চহি থুদিংগী
মাবু পূজা তৌনরি।
সাবিত্রী কৌবী প্রকৃতি
জীবগী ব্রহ্ম তেজদা নৈরিয়ে
বীর্য্য কবা, কুচু শেংবা.
মঙাল মশা তাবা
অন্ধ অহেন ওইহল্লি।
মানবু তেজ পীত্রবা, চিংপ্রব।
জীব সুপা সুপীদো
মতম কুইনা পুন্সিত্রে
অরোইবা মতম নক্লক্লে।
শোয়দনমক নোঙ্গারে।
সত্ব. রজ, তম গুণ অহুমসে
চপ মায়না শীজিন্নবা,

অহল ওইবা উন খুইবা,
মিৎ উইশিনবা, য়া তেকপা লৈতবা
মহাদা ওইরুবা লৈবনু
প্রকৃতিক হায়বা কৌইদে ।
সাবিত্রী প্রকৃতি লোয়নবা,
ব্রাহ্মন জগৎ শেমখিয়ে
ব্রাহ্মনা ক্ষেত্রি, বৈশ, শূদ্র
জীব ময়াম লৈরিবা,
উপাল য়াপাল অচৎ চত্ত
লাইয়াম সভা বিংথোমচা,
চানবা চিঙ্গাক খোৎ খোংপা
কীক্লেং লৈতেং শেমখিয়ে ।
চানিংবা কান্দা হেক্কনা চাই
শেৎনিংবা কান্দা শেৎলি ।
শিবা নাবা লৈতে,
লাইথু থুংবা লৈতে ।
অচুম্বা শেম্নকপা পোক্লকপনা
ব্রহ্মাণ্ড থনথয়ে লেংকম লৈত্রে ।
বময়াজগী লৈপাক সগ্রু মনিপুর
পুমহাং ছাংবা লৈখয়ে ।
ব্রহ্মানা শেমখিবা লাইথুং
লথা মরিফুমরি

কনা অমত্তা থুংদরে ।
জীব নরক তাদরে ।
যমরাজ রাখল ভোখরে ।
ব্রহ্মানা শেম্বা জগৎসে
লৈকম চল্লক্তরে ।
খন্না খন্না যমরাজ
ঈরোই শাদোংলচনা
ব্রহ্মলোক পাংলক্লে ।
কৈলাসপতি শঙ্করন্ত
যগুনভ শাদোংলক্লনা থুংলরে ।
ব্রহ্মাগীনাক্কা য়োরক্লে ।
লাইয়াম শুনা তিল্লে ।
মাগী মাগী আসন্দা ফমলে ।
সভা হোরে, রা তাম্নরে ।
মথুং লোম্লনা ব্রহ্মাদা
লৈশি কৈথোল্লে যমরাজ ।
"হে ব্রহ্মণ মাতক চাউবা,
পিতামহনা জগৎ শেম্বাবা
শোংম নোংমগী পোক্লকপা
জীবনা ব্রহ্মাণ্ড থনখরে ।
লেংকম কৈত্রে পৃথ্বীসে ।
শিবা নাবা লৈতবনা

নরক কুণ্ড হাংলিদো
'কমদৌনা শেম্বিবা মওংনো ?
বিচার কুপ্পা তৌবিয়ু।
ঙাইজরি নয়াথং "।
রারম অসি তাবদা
রাথল তৌই পিতামহ
অরেপ্পা য়াব্রা ভাকওমদ্রে।
ইকোন কোনবা অচুদা
অসুম হায়না ভাকপীরে
" বিষ্ণু দেবদা হঙংলুসি
ক্ষীরদ সমদ্রু তমলসি
ঐখোয় অমত্তা তেক্লনা
হায়না লাইরাম পুজুনা
ক্ষীরদ সমদ্রু মপান্দা
বিষ্ণু অরাধন তৌরকই।
লাইরামগী ভক্তি উবদা
বিষ্ণুনা অবির্ভাবতা লেংলক্লে।
মহাবিষ্ণু লেংলকপদা,
ব্রম্মানা নোমৃক্লা হঙংলি—(৩)
রারোলসি চিংথদনা।
দেবসভা লোয়ননা
রাথল তৌই বিষ্ণুনা।

রারেপ পীবে অসুয়া
"হে দেবসভা পূমনক
নঙগী নঙগী দেহদগী,
জরা মৃত্যু অমমম পুথোকলো।
লাইদগী থু'ঙকই, পুথোকই
হায়দুনা—
লাইথু' হায়না কোলোয়রনস্তু।
লাইথুং তিনথু' থু'দুনা
শিবা মাবা ওইসস্তু।"
বিষ্ণুগী য়াথং মতুং ইয়া
ব্রহ্মাগী লাইবক্তগী
সুত জাতি পোকথিয়ে।
সোরারেনগী দেহদগী
অকম লাইহৌ পোকথিয়ে।
লাই কোটি কুম্ভাহুমদোইদগী
রোগ ময়াম পোকথিয়ে।
মূর্ত্তি পায়া মমিং পোনথিয়ে।
জরা মৃত্যু বাত রোগী,
ফুগাম ব্রণ রেগী থুজিনলাঈ
শুক্ষাক্ষুশ, বাড়বাগ্নি পেটরোগী।
কুক্কুরাদিনচিংবা কয়া
কোটি লথা মাপন্নি।

বিষ্ণু ভগবান্না লাইথুং ময়ামদা
অসুন্না য়াথং পীরকই ।
"নঙগী নঙগী শক্তিনা
জগৎকী জীব ময়ামসে
সংহার তৌবা হৌরুরো ।"
বিষ্ণুগী য়াথং মতুং ইন্না
মানা মানা তৌরকপা
কর্ম্ম ফল মতুং ইন্না
জীব সংহার তৌরক্লে ।
মৃত্যু দশা ফংখরে ।
দশাসি ফংনা ফংনা
পোকপসী মশীংনা হেল্লকই ।
শিবগী মশীংনা য়াংলিদো ।
মোংম মোংমগী পোক্লকপা
পাপ চেনবা ময় ম্না
পৃথ্বী থনখরে ।
খাঙবা য়ারদুনা পৃথ্বীমাতা
থম্মোয় মুংহিক্লা তেংথারে ।
ইমাগী তেংথাবা তাবদা
লাইয়াম সভা য়োৌরক্লে ।
ইমাগী মপাও হংলক্লে ।
'হে জগৎ জননী

করিগী শিস্থরি মিৎলুদা পিরাং
করম্বা নীংবা থুংদবনা
তুংশি মুংওনাববনো ?”
পৃথ্বী মাতানা খুম্নকই
চাউরবা হিমালয় চীংজাও
কোয়না লৈরিবা চীংগী পরেং
রাংলবা ফুরা দলাব
পুংগী রাবা মত্তেনে।
পাপী ময়াম পোক্তুনা
থাওবা পুবা ওমদরে।
করম্বা কান্দা কোকদবা ?
জগৎ কর্ত্তা হরিনা
অকাশ বানী লাউরক্লে।
‘হে পৃথ্বী মাতা—ও!
মতম থরদং থাংখো-ও।
অরাবা অদু কোরুবা
এৈনা উপায় তৌরনি।
রারম জনি হায়রম্লগা
লাইরাম সভা ময়াইদা
হরি বিচার তৌরকই।
মমৈথংদি অদুদা
বিভ্য, খণ্ড, মণ্ড,

দ্বীপ, মহাপ্রলয়,
প্রলয় মণ্ডা শেমথরে ।
মসিপা লোয়ন লোয়নবা
কালদেউল, সংহারক,
দৈবশক্তি, কালপুরুষ, দেবহন
শক্তি মণ্ডা অমস্ত
মূর্ত্তি পান্না পুথোক্কে ।
শক্তি মণ্ডাগী মফমদা
মাগী মাগী তোগদবা
থোদাং শরুক যাৎপিরে ।
'সংহার শক্তি নহাক্কা
মহু প্রলয় তোরুরো' ।
"দৈবশক্তি নহাক্কা
মহা প্রলয় তোরুরো" ।
'দেবহন শক্তি নহাক্কা
সপ্তদ্বীপ প্রলয় তোরুরো
"কালপুরুষ নহাক্কা
নিত্য প্রলয় তোরুরো" ।
হরি থোদাং কংবদা
শক্তি মরি চংথরে ।
মথো মথো পাণ্ডথরে ।
কালদেউলদি লৈহোরে ।

দেউল হায়বা লাইসিদি
অাকবগী মশক্লি ।
মাগী কুচু মুশুক মুই ।
অমাবস্যাগী অহিংনি ।
মাগী শারেপ্পা ছইনি
পাম্বোম মরি পাল্লি ।
মথুৎ অমদা কালকুট হূ,
অমদনা ফত্তবা নুংশিৎ,
অমদনা ফত্তবা ঈশিং—( ৪ )
অতোপ্পা অমদনা মৈ
খুৎলাই মরি পায়খরে ।
মাইগৈ মাইগৈ খুদিং
খানা খানা য়েংই ।
মাগী বিকার উবদা
লাইয়াম থক থক লিকই ।
অগুকপা অকিবগী মশাক্লি ।
দেউল মপুক্তা খল্লক্লে
"ঐগী ইতিকগুণসে
লাইয়ামদা হান্না খগুহনগে"
রাখল অসি খল্লদুনা
লাইয়াম সভাদা হায়রক্লি ।
'দেব সভা পুম্নমক

ঐগী তোবা ওম্বা শক্তিসে
ময়ায় অমুক্তা য়েংবীয়ু
হায়রম্নগা দেউলদো।
পেট ব্যাধি কোবা অচোবা
অনাবা,
কণ অমগী মন্নুংদা
জীব কয়া মাঙহনবা ওম্বা
রুপ অহু লৌথরে।
মানা উৎলকপা
অকনবা ভোবা ওম্বা
শক্তি অহু উবদা
মন্নুপ্তা কৈরেল চঙবদা
মায়গৈ খঙদনা চেনবগুম
হা হা কার লাওনা
লাইয়াম কায়দুনা চেল্লিদো।
লাইয়াম কাওবা চেন্নবদা
জগৎ মপু হন্নিনা
কালদেউল য়েংদুনা হায়রকই
'হে দেউল' শক্তি লৈবা,
ঐ বা হায়গে, তাও।
"দেশকী মথা থংবদা
চম্পক দেশ কোবা

য়ুথক চামা পাকপা
মী কোটি কয়া তাবা
লৈবাক অমা লৈবনি।
মুমিৎ তরেৎনিগী মন্নুংদা
পুন্নমক সংহার তৌরবদি
নগুগী শক্তি থগুলগে।
খগুপ্রলয়গী শক্তি ফাও
মগুভোন্দা ঐনা পীরবনি।"
হায়দুনা পন্দনা শিন্নরে।
হরিগী য়াথং ফংবদা
কালদেউল অমুবা
"খগু প্রলয় তৌরুগে"
অশাওবগা লোয়ননা
চম্বক দেশ পাংথরে।

---

# চন্দ্রকেতুগী বারী

চম্পাক নগর নীংথিবা লৈবাক্নি। ফজবা নীংথিবা পুম্বগী কুগুনক্ষমনি। শেন শারবা হৈকোল লৈকোল রাংলবা ফুরা দলাল চীংশাং পরেং, পাৎ, তুরেল শিংনা মফম চানা চান লৈথিবনা লৈবাক অসিগী ফজবগী চাং অমুক হেনখ্রি। থেক্লা থোয়ন চেনবা মপুক থল্লবা তুরেলনা লুপাগী লিকফাং ওইখ্রি। চাং

মান্নরবা উপাল রাপাল শিংনা শীনবা থুংনা শম্বল খাবগুম হৌরি। ঋতু তরুক্না খোগল্লি। মতমগী উহৈ রাহৈ লৈ শু অমত্তা চিথদনা কংই। মকম অসিদা লৈবা মী দুঃখ শোক জরা মৃত্যু শিবা নাবা লৈতে। চাহোং ভাহো না, সু ভাহনা পাল্লি। অনিগুবা স্বর্গগা মান্নবা সু'ভাইবা লৈবাক্লি।

চন্দ্রকেতু চম্পক লৈবাক অসিগী নিংথৌনি। চন্দ্রবংশ শাগৈদা পোকপনি। মতিক মগুণ লৈরবা মথৌনা করবা মশোং চাউবা রাজ চক্রবর্ত্তি নিংথৌরেননি। মমিং কোরৌ মভান্না মাপেম শিক্লা ভানখোইরি। প্রজা॥ য়াইফনবত্তা থনবা নিংথৌরেম্লি। য়েক্ক তিংথং লৈতে। য়েক্কবনা মাবু মাযপাবা পাবা ভমদে; মতিক চাওবনি। মাগী মহারাণীগী মমিং সত্যবতী কৌই; মহাসতিনি। মহাদেবগী বর ফংই। মহাদেবগী রবনা উচেক রায়া লৈরিবা জীবশিংগী মরোল খঙই। মচানিপা অমা পোকই। মমিং চন্দ্র-শেন কৌই। চহি মঙা শুরক্লে।

অমুক সু'ভাইবা, অনিগুবা স্বর্গগা পাংথক ওইরিবা লৈবাক অসিদা কালনেউল খণ্ডপ্রলয় তৌগে চঙলক্লে। মচি অমদগী হৌডুনা ছনে, শুংশিৎ কত্তবনে, ঈশিং কত্তবনে মৈনে মরিসি চাইডুনা কন অমগী মঙ্গুংদা পেট রোগ কৌবা লাইনা পোকহন্দুনা মী কোটি কোটি শিনরে। কপ্পগী খোঙ্গেলনা মিনথরে। খণ্ডপ্রলয় ওমঙ্গল, উবদা চন্দ্রকেতু নিংথৌনা অঙকপা কাডুনা চিন্তা, তৌনা রাখল তৌই। পাত্র মন্ত্রি অঙম অথৌ তিল্লে। রা তারে। করম্নো! তৌরিবসি, লৈবাক মাঙবা তারে! করি উপায় তৌডুনা কনসিগে খন্নরে।

রাজ দরবার তৌরিঙৈ খুদক্তা ক্বাক ময়াম পাইরক্লুনা সাক্লা সাক্লা খোংলরে। ক্বাকী মখোল তাবদা চন্দ্রকেতু নিং-থৌনা কোঙুং মপুংদা চঙ্লুনা মহারানীদ ক্বাকী ক্বাকখোল তমখরে।

ক্বাকী মখোল তাবদা মহারানী সত্যবতী চিনবাম থরক থরক কৎখরে। মায়থোং সাংশিল্লি মরু লুক্লুনা লৈখরে। মহু উবদা নিংথৌনা হংলকই 'মহারানী নঙনা ক্বক্লা খোংবা তারগা করিগী মরু লুক্লুনা চিন্তা তৌরি করম্বা ওমঙ্গলগী খুদম লৈবা য়াওবগে—? সেংনা হায়য়ু।" "মহারাজ ইবুংঙো. ননাইদি মহাদেবগী বরনা উচেক য়ায়াশিংনা খোঙবা মরোল পোইনা থঙৈ। হন্দকী ক্বাকী মরোনসে অতৈ নত্তে মহারাজগী দেশ আসিদা কালদেউল চঙলকলে থগুপ্রলয় তৌরগে। ঙসি তরেংনিগী মতুংদা লৈরিবা প্রজা পূম্নমক নিংথৌ কাওবা অমত্ত থাক্তনা শিরগনি। তরেৎনিগুবা সুনিত্তু নোংঙানম্ববদি মতুদা লেমগৌবা লৈহৌবা জীব হিংগন হায়না খোংবনি। মরম অদুনা মহারাজ ইবুঙোগী, ফনবা উপকার তৌবিয়ু।"

রা অসি তাবদা চন্দ্রকেতু নিংথৌরেন কোকথক্তা বজ্র তাথরে। অরাবা চিন্তা তৌথরে। পুক্নিং লৈতাদরে। রাজ দরবারদা অমুক চঙলক্লুনা রারোল পুম্বা অচম অথৌ পাত্র মন্ত্রিগী মফমদা তমলে।

পূম্নমক অরাবা ঈপাক্তা তাউথরে। মহৈ মহৈ করি উপায় তৌনি খল্লরে, থনক্রম থোক্তে। নিংথৌনা মথা তানা হায়রকই লৈবাক প্রজা পূম্নমক হৌজিক্কি উপায় লৈত্রে। নয়ুম নয়ুমদা

কৃমহুৎনা হৱি মামনা নণ্ডগী নণ্ডগী জীব হিংনবা মুমিং তৱেংনিসি শোন্দুনা উপকার তৌরুরো হায়দুনা কুমহনখ্রে। মচুগী তুংদা রাম নাম শোন্দুনা মিথৌ কোন্নুংদা চণ্ডলক্রে। মচা, মহারানী লোয়ননা গঙ্গা স্নান তৌখরে। মুমিৎ তৱেংনি মপান থোক্তনবা হায়দুনা কোন্নুং মন্নুংদা অচা অথক পৈদুনা থমখরে।

'হে মহারানী, চন্দ্রশেন যুবরাজ, রাম নাম তত্তনা শোল্লু মাগী নাম্না অথোইবা পাম্বেনি। মাগী নাম্না অথোইবা লম্নি। অসুম্না রাম নাম শোলহল্লি। অহুমক রাম নাম শোল্লি শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙোবু অহুম্মক্না পুক্রিং লেঙদনা নীংই। অসুম তৌদুনা কোন্নুংদগী মপান থোক্তনা লৈখ্রে।

---

# কালদেউল খণ্ডপ্রলয়

মুমিং তৱেংনি চুম্না চম্পক দেশ শাবন থুংনা কালং ভৈলমা খণ্ড প্রলয় তৌরকপদা মুপা মুপী লৈরিবা প্রজা পূম্নমক অমত্তা থাক্তনা শিখরে। কনা অমত্তা লেমদরে। তৱেংনিশুবা মুমিংকী নোংঙাল্লমদাইদা দেউলনা কনা লৈরি য়েংবদা কনাসু উদরে। নিংথৌগী কোন্নুং মন্নুংদা রাজরানী, মচা অহুম্না লোত্তনা লৈবা উবদা অশাওবগা লোয়ননা নিংথৌগী শিত্র য়েংবা হৌরক্রে। শ্রীরামবু (১) পুক্রিং অনি লোংদনা নীংজবা অমসুং মাগী নাম্ব শোনজবগী মপান্না দেউল চত্তবা ওমদে। নোংঙাল্লমদাই

য়োরবদ লাইগী মোংদমদগী নিংথৌদো ঈশিং য়াম্না খোৱাংলে ঈশিং থক্তে তৌবদা কোন্নুং মমুংদা অমত্তম্ন লৈত্রে; লোই-থোকত্রে। রাণী কৌদুনা হায়রকই—"মহারানী ইবেম্মা ঈশিং য়াম্না খোৱাংলে, খোৱাংবা অসি খাঙ্ঙমদ্রে। তুমিৎ তরেৎনি শুরক্লে মোং ঙানগদৌরে। মপান থোক্তুনা ঈশিং থরক্‌দং থিরুচো।" নিংথৌগী য়াথং ৯ংবদা রানী সনাগী ঝারী পায়দুনা কোন্নুংগী মপান্দা ঈশিং লৌবা থোরক্লে। কোইথি থিদুনা ঈশিং পুরক্লে। নিংথৌগী খুত্তা লানশিল্লে। খোৱাংমনপ্লদুনা ঈশিং অদু হেক ৯ংবদা হকচাং মাংই শেংই কাউথরে, গর গর থকচিল্লি। ঈশিংদুদা দেউলগী ৯লবা ঈশিং চাইখিবনা অমত্তুং হকচাং শেংদোক্তনা থকখিবগী দেশনা থকপা হেক লোইবগা খুদক্তা য়াইবী মাঙখ্রে। নিংথৌনা শিবা উবদা মহারানী ইবেম্মা অঙকপা মতৌ ওইখরে। বুদ্ধি লৌশিং চমৈয়ে। থরাই য়াওব্রবা মপুরোইবগী চরন কোন্নংদুনা তেংথা নাওইদুনা কপলক্লে। 'মহারাজ ইবুংঙো লাইবকথীবী ননাইবু কয়ি ওইরসিগে। মকম কদাইদা চৎলবগে। মুপীজা ওইবী, তোল্লবা মপোক্তা পোকপী ননাই চন্দ্রকেশিরম্নগা অমংগী য়াইথোং কুমলগোই। মকম কদাইদা চৎলগা ইবুংঙো নহ কপু ৯ংগনি ? মশা পানবা উচেক ওইরবদি ইবুংঙোগী তুংইন্দুনা পাইজনীংবনি। মোংদম থৌবনা মশা অনি পালহন্দে; পাইদুনা চৎশি পাইওমদে। মপুরোইবা লৈতবা মুপীদো মহৈ য়াম্রবা মপোক্লি। ওস্তোক্লা থীনা তমথবোই হা বিধাতা" হায়না বিধিবু নিন্দা তৌদুনা মচাবু চেৎনা কোন্দুনা মালেম লৈমায় থক্তা ওনা

থোইবা নোংখোংবগুম কপলকই। অসুম্না কপ্লব॥ ভুংদা মহাসতী ইবেম্মা, কান্নদরে হায়দুনা মালেমদগী হোৌগৎলে। গঙ্গাস্নান তৌ-রে। মপুরোইবগী দেহদো মৈকোয় গীরা পুদুনা অগ্নিদানতৌরে। বেদ বিধি কায়দনা তর্পনচিংবা কৎচরে। মপুরোইবগী কর্ম্মা লোইখরে।

কর্ম্মা লোইরবা মতুংদা সত্যবতী মহারাণী মতু ইপোন পোন হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা 'মকম কদায়দা চৎলগা জীবীকা ওই-শিবা, করম্বা দেশতা চৎশিগে, ইচা চাউনবা করি উপায় থি-শিগে—" মওল মওল খল্লকই। অসুম্না খল্লবদগী মমৈথংদা নীংশিংবা অমা লাক্লে. মপুরোইবগী মরুপ ভদ্রসিং ভদ্রপুর দেশকী নিংথৌ মাগী মনাক্তা চত্তুনা মতম খরা শৈনদা'লুরগে ; ইচা চাউনবা হোৎনক্লরগে অসি থন্দূনা মচানা চানবা শঙ্গোম চফু অমগা লোয়ননা মচা পুদুনা কোম্মু'দগী যাত্রা তৌরক্লে। লম্বীদা অসুম লাকপদা ক্বাক অমা পাইরক্তুনা, লাক্লা লাক্লা, হম্না হম্না খোংলক্লে। 'হে মহারানী নওগী শঙ্গোম চফু মমুংদা কালদেউল চণ্ডলে" চেকশিল্লু। থুদক অংমক্তদা মচানুপা চন্দ্রশেন অঙাংনগা ওইবনে মুংশানগা য়াক্লা শাবনে লম্বীদগা শাংনা লাকপনে চানীং-বগী লাম্বনা, খৌরাংবনা "ইমা অরাম খৌরাংবনা চরম ফুমখ্রে। খেঙ থাংবা ঙমদরে। শঙ্গোম থক্লগা অরাবা অসি কোকপ্রা য়েংগে" কম্না হায়রক্লে। "ইমাগী ইবুংঙো চাউদ্রিবা। শঙ্গোম অসি থক্লগন্নু ; হোৌজিক্তা পাইরক্লম্বা ক্বাক্তুনা দেউল চণ্ডলে চায়না খোংলক্লে। মসি থক্লরগা অরাবা দশা তারনি" হায়না থামজৈ, মচানু থাম্না থাম্না অঙাংগী হোৌনবী নিঙাই তৌবা হোৌরক্লে।

"শঙ্গোম থক্কে ইমা শঙ্গোম থকে"। হন্না হন্না কপ্লক্লে। মহাসতী মহারানী তৌকয় খঙল্লে। মচাবু শঙ্গোম পীথক্লুরগ মীৎকুপ খরগী মতুংদা তাগদবা অরাবগী দশা খঙনা খঙনা ভুং-ওইরে, মচা মুংশিবনা থুম্মৎখিদুনা অফ ফত্ত খঙদরে মচাদা শঙ্গোম পীথক্লে। মমা ওইবীশিংনা মচাবু মুংশিবদি করিদা প্রাণ তৌগান। মুংশিবগীদমক্তা মচা অদু শিবা য়াবা থবক কাওবা পায়খত্তবা নত্তে। মচানবু নিংঙাই তৌরবদি মখোয়দা অফ ফত্ত হায়বা রাফম অসি থোইনা অমুক থমদবগুম তৌই। নিঙাহ তৌবা ফনবা অঙাংগী অপাম্বা অত্তমক লৈত্রফাওবা মমা ওইবী থুদিংনা মচাদা পীনবা হেক্তা হোৎনৈ। পীরিবা পোৎ অদুনা মুংশিরবা মচা অদুবু শোকহনবা, পলহনবা, মাঙহনবা কাওবা থোকলোই হায়বা ঙমদে।

চন্দ্রশেন কৌবা অঙাংদো শঙ্গোম অদু হেক থকপগা শিবগা মাম্নরে। মচা শিরবদা সত্যবতী মহারানী মচা কোন্দুনা রাম্বরে। ঙাইহাক রাম্বরগা থুক্ক থুদক কুন-যণ শাহুনা ইমাগী ইবুঙো মুংশি থোইবা ইমাবু করি ওইয়ু হায়বগে। ইমানা মাঙ ভুং য়েংববু ইমিদগী হেন্না অতৈ কনা লৈতরে। নারক্তা কনা য়েংদনা তেংথাবা (২)—হায়বদু ওইরে। ঐগীনি হায়বা জগত্তা কনা লৈতরে। কার ওইরশিংগেনে ইমাবু হায়না তেংথক্কে। মতুগী মতুংদা জ্ঞান লৈবী মহারানী মচাগী দাহন তৌগে খন্দুনা মচাগী লাইবক্তা মৈ থাদুনা সমাধি ওইনা লোইশিল্লি। 'রাম' 'রাম" শোন্দুনা গঙ্গা স্নান তৌরগা কপ্পা কপ্পা অমুম লাকপনা ভদ্রপুর দেশ

য়োরক্লে সন্ধ্যা মতমদা। লখ্মী শাংবা নুংশাদা লাকপনে লম-খাংদা মচা খাইনবনে নুমিদাং য়াইরমদা মীরৈবাক্তা থুংবনে কদাইদা ওসিগী অহিংসে লেনশিগে থন্দুনা মাইগৈ মরিদা কোইয়েং য়েংই। মরৈথংদা শঙ মচা অমা লম্বেলগী নাকন্দা উরক্লে। শঙ অদু শঙ্গোল ওইনা তৌই। ষণ মঙা ভরামুক পুন্দুনা লৈবন্মী। 'ফরে শঙ্গোল অসিদা লেনবা হায়রবদু তারে থল্লা মচংমানী লৈরে। মহারানীগী ফত্তবা শিদ্রবু কালদেউলনা য়েংহুনা লৈখরে। সতীগী গুন্ন কনবনা দেউল চঙবা ওমদে। কালদেউল উবদা যন্থী ময়াম অদুন "হম্মা" "হম্মা" হায়না তোয়না তোয়না খোংলকই। যম্না খোংলকপা মখোল থঙহুনা সত্যবতী রানী পৃক্লিংদা চিন্তা তৌরে। থুদক অচৌমক্তদা যম্বা অমা পেটরেংগনা নাহুনা শিরে। বংথল তোনা তোনা তূম্ব য়াদনা অহিং অত্ত নোংলেমে। অযুক ওান্তানা গ্বালাশিংনা শঙ্গোম শুম্বা য়োরক্লে। রানীনা ফমদুনা লৈবা উরক্লে। অশিবা যন্থী অদুস্থ উংক্লে। মত্ত উবদা ওক্লরে। 'ফম্রিবী নুপীসিবু কন নো; হিংচাবীরা? ইনা নাদনা যন্থী অমস্থ শিরম্লে; মানা হাৎপা ওইরিদ্রা। কম্রি লাইনা ওইরিগদগে' চিংনরে গ্বালাশিংদো। "হে সতী, মহাক্লা ওস্তানা শঙ্গোন্দা ফমদুনা লৈববু করি হায়রিংবা লৈবগে"? হংলকই। গ্বালাশিংনা হংলকপা তাবদা রানীনা খুমলকই "হে গ্বালাশিং পৃম্নমক ঐহাক অতোপ্পা দেশ অমদগী লাকপনি। ওরাং নুমিদাংরাই মকম অসিদা থুংওবনি। নুমিৎ তাখিবনা উপায় লৈতহুনা ওরাং কৈবাক অসিগী নিংথৌ উনহোবা ওমহোদ্রে।

মরম অদুনা শঙ্গোল অসিদা অহিং চুপ্পা লেল্লবনি। "লৈবাক অলিগী নিংথৌ অমুক্তা উনজগে হায়না হঙ্গৎপীযু"।

রানীগী রা তাবদা খালাশিং অদুনা কোল্লংদা চঙখিদুনা নিংথৌদা হঙ্গংলুরে। মহারাজ ইবুংঙো অতোপ্পা দেশতগী লুপী অমখক্তা ইনিংথৌবু উনজগে হায়দুনা শঙ্গোন্দা ভাইজরি, চঙহনজরকপা য়ানি য়ারোই স্না য়াথং অমতং পীনবীযু"। পুশিল্লকউ হায়না তাকপিরক্লে নিংথৌনা। খালাশিং অদুনা থুনমক রানীবু কোল্লংদা পুশিল্লক্লে। রানীগী মশক উবদা ইঙক উকই নিংথৌদো। "চঙলকড" "চঙলকউ" হায়না হরাও হরাওনা কৌশিল্লে। রানীনা চঙলক্তুনা খুরম্মী নিংথৌদা। নিংথৌনা মকম চানা কমহল্লি। করম তৌদুনা হায়না লাকপনো নিংথৌনা হংই রানীদা। ইক থুদক বুন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লুনা বিরবনবু হঙ্কৎচে—, মহারাজ ইবুঙো—করম্মবু হঙ্গৎশিগে। ননাই ঐখোয়গী চম্পক দেশতা অঙকপা থৌদোক অমা থোকখ্রে, নুমিৎ তরেৎনি কালদেউলনা খণ্ড প্রলয় তৌদুনা নিংথৌ, মন্ত্রি, ইচা, প্রজা পুম্নমক শিদুনা লোইরে। কনাগুম্বা অমত্তা লেমহৌদ্রে হিংহৌদ্রে। মরম অদুনা গতি উপায় লৈতদুনা মহারাজগী লৈবাক্তা মচি অমদা মরুম থুপচগে লাবচৰ্ন।, ননাইবু নুংশিবিযু ইনিংথৌ, অদুবু লুবিবা অমনা মহারাজগী লৈবাকসু দেউল চঙলক্লে। দেউলনা খণ্ডপ্রলয় তৌনা হৌবক্লে। যনবা অমসু ইনা নাদনা কালদেউল চঙলনা শিরে। ননাই ঐহাক্তি শিবগী বরনা জীব পুম্বগী মরোল খঙজে। যন্দীনা থোংবা মখোন্দগী কালদেউল চঙলে হায়বা

থগুজৈ। খগু প্রলয় তৌরবদি মাওবা তাকপ তাখরে, হি মনবা উপায় তৌবিয়ু। মহারানীগী মপাউ তাবদা ভদ্রাশিং নিংথৌনা পঞ্চখদ্ধি কৌবা পুত্তবু ভরং ভরং য়েদুনা পাত্র মন্ত্রী অকল অথৌ প্রজা পূন্নমক পাউজেল পীরে। পুত্তগী পুত্তখোল তাবদা লৈবাক প্রজা পূন্নমক থুনা য়াওনা হিল্লরে। রাজ দরবার হৌরক্লে। পাত্র মন্ত্রী খিবিক্লা 'মহারাজ ইবুংঙো পুত্তগী পাউ-জেল পীদুনা লৈবাক প্রজা কৌবিবা শাগী লানগী অকমবা করম্বা মরম লৈবগে তাকপিয়ু' হায়না হঙ্গংলি নিংথৌদা। প্রজাগী রাজং তাবদা নিংথৌন হায়রকই "লৈবাক প্রজা পূন্নমক শাগী লালগী পাউজেল নত্তে, এরেখোয়গী ভদ্রপুর দেশ অসদা কালদে-উল চঙলক্লে। কন অমগী মসুংদা প্রলয় ওম্বা শাক্তুনি। খগু প্রলয় ওম্বনি। করি উপায় তৌশিগে খল্লশি কায়না পাউজেল পীবনি। এরেখোয়গী দেশকা থংনব চম্পাক দেশ চায়বদো কালদেউলগী খগু প্রলয়দা লৈবাক প্রজা তুম্না শিখরে। মগী মরুপ চন্দ্র-কেতু নিংথৌগী মহারাণী সত্যবতী (৩) লাক্কুনা মরোল পূম্বা তমলরে। নওনা নওনা খগু হৈবা, ফগদবা উপায় মুম্না বিচার তৌরগা হায়রকউ"। কালদেউল চঙলক্লে হায়বা হেক তাবদা প্রজা পূন্নমক কিবনা খনকম খঙনদরে। বুদ্ধি লৌশিং চৎলৈ:

অরুম, লাইরৌ, ফুগাম, কোকচিকপা, হরা কংখু, লাই থোকপা, অয়েকপা অখিনবা পোম্বা তংবা, ইপায় হৌবা অসি-নচিংবা লায়না ময়াম অসিগা পেট ব্যাধি কৌবা অচৌবা অনাবা অসিগা লাম্বা তৌরকপদা মহাক্না হেক্তা মহেল্লে। য়াম্না থুনা

শিহনবা ওম্বা অসি মা। থৱাইদগী হেনব গুণশি। অতৈ অতৈ লাইনা অরুম, লাইহৌনচিংবা পৃম্নমক চেক থাবগা চাক পুথম তমা হেক্তা মচায়; হেক্তা মকৈ পেটরোগ কৌবা অনাবা অসদি উপায় তৌকম লৈহৌদে। পায়বগা শিবগা হেক্তা মায়ে। শক্তি কনবা মরম্না লাই কাওবা কায়ত্তুনা চেল্লি। মীদদি করি ওতকনি। জীব হায়বসিদি কানসু শিনিংদে; পুনসি ণাংবা ঙাক্কনি মুংঙাউবা পাম্বা ঙাক্কনি। মবন অত্তুনা তিল্লিবা প্রজ পৃম্নমক মিপায়বগা লোয়ননা হায়নরক্রে—মহারাজ ইবুংঙো থবাই দেহবু হেনবা লল লৈতরে। থরাই দেহবু লৈত্রবদি মরল মথুম পৈতুনসু কায়দ্রে মযুম ফজবা, বৈভব চাউবা কায়দ্রে। রাজ নিতিনা হায়রি—'মযুম তেকখ্রবসু অমুক অহনবা শাবা য়াই, মরল মাঙখ্রবসু তানবা যাই; মুপী লৈত্রবসু বন্দবস্ত অমুক তৌবা য়াই, দেহ প্রাণবু লৈরবদি অতাং অহোং ইকং কংই। মরল য়াম্না লৈত্তুংসু দেহ প্রাণ হায়বদো লৈবা অমুক ফংদরে। মরম অত্তুনা থরাই হিংনবা দেশ রাংমা লান্দুনা চেলহৌবনা ফগনি, হায়মত্তুনা চেনবা লেপ্পরে প্রজাদো।

প্রজাগী ৱাংরেপ তাবদা ভদ্রসিং নিংথৌগী মচা ইবুঙো বিদ্য ভদ্র যুবরাজনা অশাওবগা লোয়ননা প্রজা যেত্তুনা হায়রক্লে 'ক্ষেত্রি মচা ওইনা পোক্লগা মীরৈবাক্তা করিগী চেনগনি। মন্ত্র শক্তি পীত্তুনা কালদেউল কারগে। আকষন মন্ত্রনা মৈতুংদা থাদগে। বিষ্ণু যজ্ঞ হৌরসি মরাম মুংশা থীবিগনু। মীরৈবাক্তা চেনগনুশি"। যুবরাজগী মপাও তাবদা লৈবাক নিংথৌ হরাওবে।

নিংথৌনা হুকুম পীদুনা যজ্ঞ কুণ্ড তৌহল্লে। বেদ মন্ত্র শোন্দুনা কুণ্ডগী মৈ থাগৎলে। ঘী হৈহুনা ব্রহ্ম মন্ত্র শেন্দুনা হোম পীরে। শগোল, শামু, খোঙমী লাপ্পী লোইননা কমইবা মনাই ময়াম্না চুংতা য়েৎথাং ওইথাং থোগন তৌদুনা মরোল তরেৎ কোয়থরে। মদুগী ময়ায়দা বিদ্যাভদ্র যুবরাজনা আকষন মন্ত্র শোন্দুনা দেউল ফাদুনা চিংথরক্লে কুণ্ডদা। পায়থৎপা ঙমখিদ্রে। য়ুথক চামা পায়থৎলুরগা মন্ত্র শক্তি পাঙ্গম্না অকাশতগী লৈনা লৈনা যজ্ঞ কুণ্ডদা তারক্লে। তারকপা খুদক অদুদা মশম পাযদুনা ফাখরে। মঙক ককে হায়দুনা জান কৃষ্ণ থাংশাংদো থাংথুমদগী শত্তোকই। অরংবা থাংশাং হায়গৎলকপা অদু উবদা দেউলনা ঙ'শিবা রাঙাংনা হায়জরক্লে। "যুবরাজ ইবুংঙো, ঐবু থাংনা ককপীগন্নু, ঐগী লাইনা পেট রোগনা নাদুনা শিবা নাবা তৌরগন্নু। ঐবু থাদোকপিয়ু"। দেউলগী রা তাবদা যুবরাজনা হায়রকই "নঙবু থাদোকউ হায়রবদি অহুমলক হুম্ন রাশকউ থাদোকপিগে। নত্রবদি নথরাই অদু লৌরনি"। মদু তাবদা অহুমলক হুম্না দেউল রাশক্লে; অদুগা হায়রকই হে যুবরাজ ইবুংঙো বিদ্যাভনা ঐবু কাবা ঙম্বদি নহাক্তনি। মথা অমুক তারকই 'ভাগবত মখল অনি শুরি 'বৈষ্ণব ভাগবত অমনি, পুরান ভাগবত অমনি। ভাগবত হায়বদি ভাগবত কৌবগী অর্থদি ভগবানগী গুন লীলা লেংই হায়দুনা 'ভাগবত" কৌবনি। বৈষ্ণব ভাগবত হায়বদি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত, হায়বনি। রাগ মার্গ ভক্তি লেংবনি। মাধুর্য্যগী লম্বীনি। পুরান ভাগবত হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবত

হায়ৰনি। বৈধি ভক্তি লেংবনি। ঐশ্বর্য্যগী লম্বীনি। ভাগবত-নচিংবা পুরান ত'রবা মীশিং অদুদা দেউল ঐগী মীংয়েং চঙদবা পেটরোগনা নাদবা ওইসনু। অমহিকপুং হরিনাম মচিন্দা তত্তনা শোল্লব', হরিগী নির্মল ফংলবা, চরনামৃত থকচবা, শ্রীরামগী নাম ইতুনা থোঙজিন্দা থেংলবা অমসুং ওঁ কারপ্রনা কোবা তারক মন্ত্রবু সুংদা য়েক্তুনা য়ুমগী িংথেক মরিদা থম্মীবা মীদা ঐগী মীংয়েং চঙলরোই দেউল ঐগী চারত লেংবা শ্রীহরি পঞ্চগী অসিবু পাজরবা, তাজরবা মুপা মুপী অহল অঙং পৃরমক ঐগী মীংয়েং চঙত্রসনু; পেটরোগনা শিবা মাবা লৈত্রসনু" হায়না বর ওইনা রাশকখ্রে। দেউলগী সত্য রাশক তাবদা যুবরাজ বিদ্যভদ্রনা থাদোকপিখরে দেউলদো। হেক থাদোকপা খুদক্তা মাঙথোকখিয়ে দেউ'দো।

(৪) অসুম তোঙনা যুবরাজ বিদ্যাভদ্রনা দেউল ফাদুনা ভদ্রপুর দেশকী প্রজাশিংগী তাগদৌরবা অরাবদগী কোকখিয়ে।

× × × × ×

# শ্রীশনি পঞ্চালী

শ্রীদেব দিবাকর

সুমিৎ কোবা লাইনা

তাইবংপাল

জীব পৃরমকী উননবা

মীৎকী মশক ওইদ্রুনা
ঙাল্লি তাইবং থুংনা
মুমিৎ জুমিৎ খুদিং
তেজনা—
মৈ ওইদ্রুনা,
মালেম শিন থুংনা
চুথরি ।
মাগী তেজনা
ম'লেম তম্বদা
অমম্বনা
লৈকুৎ লৈরাই
কাচিন কোয়া
লাংখ্রি ।
লবুক লমহাং,
চীং, পাৎ,, তুরেল
শিন থুংনা;
শাম্নরি
চোঙ কন্দুনা
রাংলবা উঁনগী চীং
লুপানা ফুদোংলি
চাউরবা ঈশিংগী সমত্র
লুপা মহী চেনখ্রি

হৌবা লোইবা নাইদনা
ভম তম্পাক্তা
ভাইবংগী
অরা মুংঙাই
কপ্পা লাউবা
কনাগী কায়নবা
মুংশিনবা কোঙোয়
লেপ্তুনা য়েংলি
উনং ব্রামং
লবুক লমহাং
পা' পাইদবা 'তিয়াদা
চেক্লাগী মুংশিবা
পোম্বীগী স্থুর
ভমজবী থানা
শক্লকপা
কয় তারি,
য়েংলি।
লৈ শুনা থল্লবা
লৈকোন্দা
খোইমুনা ভুংনা পাইবা
লৈহী চুপ্পা
মালংনা লিরি হুম্বা

লৈনানা জগোই শাবা
লবুকী চাং মায়রবা
অশংবা ফোনাগী জগোই
য়েংলি ভারি মানা।
বিশ্বকর্ম্মাগী মমোম
সংজ্ঞাবতী
মপাবুংনা কন্যাদান কংহুনা
দীনকরদা কচ্চবা
সুমিৎকী তেজ থাডঙমজ্রহুনা
মাগী ছায়া থনমগা
মপুরোইব' নাক থাদোকখি।
সুর্যাদেবনা ছায়াবু
সংজ্ঞাবতীনি খঙ্গখি।
ছায়া দেবী' গর্ভদা
পাম্বোম পাঙল পাঙলবা
ইন্দ্র কুচু ঙমজবা
ধারা অমা ফংজরে।
গ্রহ পুম্বগী নিংথৌনি
হন্দক ফংলিবা পারিসে"
অসি থম্না দীনকর
'শনি" হায়না কোলোয়রে।
মাগী দৃষ্টি ফংবদা
মী লাই হিংচাবা

অকনবা অশোনবা
অচৎপসু চত্তবসু
অরাবা দশা মক্‌ংলে ।
মাগী দয়া লৈরবা
জীব অচুগী পুন্সিদা
মঙ্গল ওইবা
পজেং থেৎপা
লল লৈবা
মহৈ হৈবা
চাওখৎপা
জীবগী অপাম্বা
থোৎ থোৎপা মক্‌'ছে ।
ইবুংঙো মাগী মহাশক্তি
কনানা খোর্জ্জে পায়গনি ।
তাইবং কনানা শীংথানি ।
মাগী গুনবু খঙবা
সাধু বৈষ্ণবতনি
তাইবং ঈপাক লানবদা
মন্ত্র ওইনা লৈরেংদা
ভক্তনা শোয়রি ।
মাগী গুনবু থাবদি
বালু মশীং থীবনি

মহা সমুদ্র কংবেবা
শিৎপনি,
তাইবংনা থাবা ওমদরে ।

---

# কৈলাস পৰ্ব্বত পঞ্চালী

কৈলাস পববতগী
হর ৺ ভয়াখ্য,
মুণ্ডাইবগী—(.)
কোইব নাওদবা
ঈচেল অমা
জোরো জোরো চেল্লক্লে
ঈথিল কন্না ।
ঈচেল অসিনা
থাম্বা নংদনা
মরোল অহুম কাওনা
শীনবা থুংখরে ।
সীংকুপ্প ।
গঙ্গা যমুনাগী ঈচেন্না
সংক্রেদা তিমবগুম

ঘৈরুরে

শেৎ লা উনা

লাইয়ামশিংগী নাকোংদা ।

তাদবা কনা

লৈপ্রে ত্রিভুবনদা ।

দুর্গা দেবী গর্ভদা

মশক মতো চঙখোনবা

শাওং শাদা রাত্তবা

মীৎকম হোংবা যাদবা

শুমহৎনা ফজ্জথ্রবা

পান্দমানংডাহ লৈত্তবা

পারি বতন অমা

ফংজরে ।

অসি রাদি কাবদা

লাই কোটি কুন্থ্রাহুমদোক

অমুক লোইবা

মথুম মর ঙ হোংরে ।

মাগী মাগী যুগদা,

লম্বাঁদা,

শিস্তাদ

পুক্রিং চঙলিবা

লোইনা থাদোক্লে ।

ভৌগদবা খোদাং
মিকুপ থরগী
নীংশিংদনা কাউথিয়ে
শিন্থা পূম্বা তুংওইয়ে।
মতম্না অম্সুম হৌখিবনা
সুমিৎ মঙ্গানি
হৌখরে।
ঙসিদি —
নৌনা ফংলবা অঙাংগী
ষষ্ঠী পূজা সুমিৎনি।
সুমিৎ অসিদা লাইয়ামপূম্বা
মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীনবা
অফবা ফিজোল শেত্তুনা
অথেন পোৎ লোয়ননা
ককচেং ময়াম্না তৌবগুম
পরেং পরেং
পরপ পরপ
কৈলাস পর্ব্বত পাংলক্লে।
"অঙকপনি
হে কৈলাসপতি
নঙগী লীলা।
অম্বুক ম্ব।ম্বা চৌথহৌত্রবা

স্বর্গ, মর্ত্ত, নরক, পত্তাল,
উমং লাই
খিবিকী
য়েত্তুম মতোম
কৈলাস পর্ব্বত্তা
করম্না আসন পীবা ॥
ইবুঙো নঙতা শীনবনি
নঙতগী মায়ানি
জগত্তা লৈরিবা
উরিবা
নঙদগী নশকনি
নঙতগী নগুণনি ।"
লাকইবা ওম্নমক
পুল্লপ পম্না
কুক কুক
সভা ওইনা
লেরিবা
অঙাং য়েংবা
চন্দ্রলেক্রে
পার্ব্বতী নাক
তম্না——
অঙাং'হু উবদা

লাইয়াম লক্পা হয়াঙুরে ।
অতুক যাম্বা ময়ামদো
অমত চিথদনা
'মঙল ওইরসু'
চায়বা
বব য়ীনরে ।
কাইথা মলিং য়রক্কা
শনিদং উদে পায়রক্কী ।
উত্রবদা রংরোত্রে,
"ঐগী পারি যষ্টীদা
শনি মাদং ল্যাক্কবা
করিগনো ?
করম্বা সুংঙাইভবা লৈরুনা
লেংঙক্কবা
উরু উরু লৈরে
থঙকম থঙত্রে
শাওবমা
করিসু ওইত্রে ময়ামদো
ইচাং চাংবগুমদে
মকমদো
পন্দী ভঙ্গী য়াথঙবী
খিন্থবা তৌদনা

মলেম্ নৈনা তাউহুন্না (২)
মখোল্লা বিদায়রক্
সুংশিৎ মমাঙ থাদুনা
সূর্য্য লোক পাংথরে।
"গ্রহরাজ
শনিদেব"
চায়না
ভক্ত অনিনা
বাঁশী অনিগী
স্বর শুমজনা
খোঞ্জেন বাংনা
কৌরক্লে
তোয়না।
গ্রহরাজ
মক্কোল খঙবনা
নন্দী ভঙ্গী অনিগী
সপ্তম স্বর
তাবদা
"ঐবু কৌবা তৌগদু
মখোয়না.
ঐনবু য়েংলবদি
অরাবা দশা তাগনি।

শোয়দনমক তুমগনি অঙাংদো
মত্তুনমক লাক্কবনি"।
খুমলক্লে।
রারোল অত্তু তাবদা
অনিহু
খেক্ল'
কন্না
হৌনা নোক্লে।
"করিনো শনিদেব
শিব দুর্গাগী মচানি
শনি দেবনা য়েংবত্তুনা
তুম্বা মাঙবা
ঙম্মোইয়ে
চিংনক্কম নৈতে মসিদা
লাইয়াম সভা শুরে
অমত্তা চিথদরে
বর লোইনা পীনরে
নতোমতা মঙাইরে
করি মুংঙাইতবা নৈত্তনা
লেংবিরক্কবা ?
চিন্তা হোরে ইবেম্মা।
থুনা য়াঙনা লেঙঙসি

অমুক পন্থরমুশি
শব মন্দির পাংগুসি"
হায়না শনি পুরক্লে
অনিনা।
শনি লাকপা উবদা
পারবতী
সুংশাগী মামঙদা কম্মদুনা
লোৎপা য়াদবগুম
হান্না শাউরম্বা পূম্বা
মখোংঙ পান্না
চেনক্লে।
হরাও হরাও
তরাম তরাম
'শনিদেব'
"লোংশিনবিরকসি আসন্দা"।
হায়না কৎলে
দেবাসন।
মুনিনাঞ্চ মতি ভ্রমম্,
ভীমসেনঃ রণে ভঙ্গম্।
মুনিশিংসু ভ্রম ওই।
ভীমমক্লা লান্দা চেন্নি।
শনিনা য়েংলবদি

তুম্মী
খণ্ডনা খণ্ডমা পারবতী
ভ্রম ওইখিদুনা
"ঐগী
নৌনা ফংজবা
ইচাসে
পুন্সি তোলোইবা
মহৈ হৈবা
বর পীরো
লাও
'শনিদেব"
হায়না
য়েংহল্লি।
বিধির লিখন
ন যায় খণ্ডন।
বিধিগী কলম
কনানা থৈগনি ?
শনিনা য়েংবদা
গণেশকী মস্তক
তুম্মু তম্বমা
শনিগী
নয়ন অনিনা

য়েংবদা
গণেশকী মগুক
কেনথরে ! ৩
তুমথরে !!
লেংবান্দা
গুাইহোরে !!!
থোদো অসি উবদা
লাইয়াম সভা
"করিনো করিনো' ?
'অগুকপনি'—'অগুকপনি'—
হায়দুনা মচিন্দা
মুরুম মুরুম শোলি ।
মীৎ কুপ্তুনা
শংত্রিক শংত্রিক
য়েংলি ।
য়া য়া লাওনরে
ইনিল নিঙে
তোকম থগুনদ্রে ।
দুর্গাদেবী ইবেম্মা
হা হা কার লাউশা
গুক য়াওয়বা মচাবু
মথাদা চেংনা

কোনখৎলি।
থয়ো থয়ো ওন্দুনা
থম্মোয় শোক্না
তেংথারে।
"ঐদি মাঙলে
ইমাগী ইবুংঙো চাউত্রিবা
মাঙলে মাঙলে
কায় মতৌ কৌরগে।
ইমাবু কায় ওইরসিগে"
হায়দুনা
নোংলেন খোংবগুম
কপলক্লে।
ঈপান থাগী
ঈথায় চোল্লবা
গঙ্গা যমুনাগুম
পিনা থুমহৎলবা
হবেম্মগী মিৎস্না
থম্বাল অনিনা:
আসন্দা লৈতেং
ওইরিবা
গ্রহরাজ পাংখীদুনা
ভানক ভনিল্লা

পৃঙমদ্রবা
ঙাঙ্রারবা চিনবান্দুনা
থম্মোয় শোকপা
খোঙ্গেলণা পাওহংজরি।
"হে শনিদেব!
হবুংঙো!
নঙনা য়েংবদা
হচাগী মকোক
য়াওঞবা
করি করম্রা তুম্বনো
বল্লবা নহাক্কী দৃষ্টিসে
কমদোনা ওইবা মঙংনো
মারক চুম্রা
তাকপিযূ অমুক্তা।"
ইশাগী রাহং তাবদা
"তাবিযূ হম্যা
রারম পৃম্বা
শিং শিংনা
লিজগে" হায়না
রামায়ণ লীবগুম
লীরক্লে।
শনি ঐহাকসে,

ইচা ধারা পান্দে।
কনা লৈতে।
নোংমগী কোরোদা
ননাই ঐহারা
পুক্নিং অনি লোগুদনা
কৃষ্ণগী নাম শোল্লিঙৈ,
ভজন তোব্রিঙৈ
নাই ঐগী ননাইনা
ইচা ধারা ফংজগে
বর অমত্তা পীবীয়ু
নিয়রে।
কৃষ্ণ ভজন্দা
পুক্নিং লুপথিবনা
বর নিবা তাহৌদ্রে।
তাত্রাবত্নদা শাউগ্রত্নবা
'মুপী ওইবা মপোক
অতোনবনি।
পোকহৈদবা
মপোকনি।
বর অমত্তং নিজবরু
পীবীদ্রে।
মাগুদা লেপ্পা

উবিখিত্রে,
থওইবিত্রে,
চাবিনদরে. ।
থনথে, কম্না
মবুক্লিংদা
অশাউবগী
মরৈ চামা
'হা' হা' ভম্নবা
মৈনা
অফ কস্তবা
অন্নবা অহেনবা
চিংংনা
চাকথে —— (৪)
ঙরঙ ঙরঙ ঙংবা ।
অফ কন্ত থঙখিত্রে
শাপ তোথ্রে ঐবু
"ইবুংঙো
নঙনা হেক য়েংবগা
তুম্বা মাঙবা
ওইরসম্ন" হায়না ।
ভজন লোইরগা
থোকখিবা পুম্বা

মারী তৌরকপদা
ঐনবু হায়
"করিনো ইবেশ্মা
ভজন্দা পুক্লং চঙখিবনা
নম্বনা নিবা বর
ভাহোদরে ।
ঐদি মাঙলে ।
নঙগী শাপ্তগী
ঐনা য়েংবদা
জগৎ তুম্বা
তারে ।
মীৎ উইশিন্দুনা লৈখ্রগে
হায়ত্তুনা লৈজরবনি ।
মনাইগী দোষ
মাপ তৌবিয়ু
ননাই ঙাকপিয়ু ।"
বিবরন পীখরে ।
দুর্গাগী অন্নাবা উবদা
হরি দেবনা থেমজিল্লি ।
"হে মায়া !
নাইগী মোংদম
কনানা খঙগনি ।

আদ্যা শক্তিনি মহাশক্তি
কাল্লা অছুম খঙবনি ।
শনিনা য়েংবদা তুম্মী
যুগ মল্লিদা হায়নল্লি
খঙনা খঙমা ভ্রমদা
শনিবু
য়েংহল্লুরে ।
মকোক কেনখে অচাংবী ।
বিধাগী নোংদম
কনানা খঙগনি ।
ৱাকময়ু হৌজিক্কি ।
ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর
ঐখোয় অহুম্মা
মচাগী থৱাই হাপ্লগে ।
"হে নন্দী ভৃঙ্গী অনিমক
অরাং পাংবা চৎলু ।
লম্বেল মথারদা
মকোক অরাং ওন্দুনা
তুল্লবা জাবা
মঙক কক্তুনা পুরকউ ।
গনেশকী লেংবান্দা শমজিল্লু
শোয়দনমক হিংগানি ।"

মীওইবগী পুন্সি থম্লাখ্রকী লাইজনি। করম্বা কান্দা কদাইদা কনানা মীওইবা পুন্সি 'সিদা লোইগনি হায়বা ওম্বগে? ওসি ইনা নাত্রবস্থ হয়েং শিংবস্থু য়াই। কম্লা নাতুনা লৈরিবা অনাবস্থ হয়েংদি হৌগৎতুনা চৎপা য়াই। মীওইবা পুন্সি কনাগু তম্বা ওমদে। মচা চাওনবা মহৈ তম্বীনবা কম্লা ওমজবী থানা হোৎ- নরিবা হরি ব্রাহ্মণ পুন্সি হেংজেল লোইদুনা নোঙ্গাখ্রে। মপু রোইবা লৈত্রবী মতা ব্রাহ্মণীসু বিধবাগী যন্ত্রনা কংদুনা মপুরোই- বগী মতুং ইন্দুনা নোঙ্গাখ্রে। সুমিৎ অংতনা মমা মপা অনি- মক্তা হুন্দাকপীরম্লবা, হম্লা য়েংবদা মাগীনি হায়বা কনা লৈত্রবা সুমঙ্গল ব্রাহ্মণ মচাহু রাবনা খুদাং পিক্তম তৈরদো। পুক্লিং সুংশি সুংওম্লা তেংথাদুনা কপলিদো। থরাই রাওত্রবা মমা মপা অনিগী হকচাং পোলাংবু অগ্নি দান তৌজরে। স্নান লোইরে হম্লক্ত্না কপ্লে। লাইরক্তা হায়বা নীংশিংলে। "হরি মাতা 'হরি পিতা' 'হরি পতি" হায়না ইমানি, হরিনা ইপানি। তাই- বংগী লৈরিবা ইমা ইপা অসিদ শাশিনবা ওাক্তানি। লীলাগী মপা মমাগুম্বনি। লীলা লোইরগা ক য়হুনা তেংকথিবা তাইবংনি। ঐগী হবুংতোনা শাম্লরিবা লীলানি।" অস্থুম থম্দুনা গুরুচন্দ্রনগী শ্রাদ্ধ পীগু পিদুনা কর্ম্ম লোইরে।

মতুগী মতুংদা তীর্থসেবা চৎকে হায়দুনা তীর্থ চৎলি। জলাঞ্জলি কংলি। তীর্থ সেবা লোইরগা দেশ ভ্রমন তৌগে হায়দুনা দেশ কোয়রে। মথং মথং অস্থুম লাকপদগী বিদর্ভ দেশ, শ্রীবৎস নিংথৌগী লৈবাক্তা থুংলয়ে। রাজ দরবারদা চত্তলক্লে। ব্রাহ্মন

চঙলকপা উবদা শ্রীবৎস নিংথৌনা আসন থাদুনা কমণ্ডলি। অতিথী পূজা তৌদুনা সেবা তৌজরে। সেবা লোইরবদা নিংথৌনা হংজরে 'করি থবক লৈবিবা, তাকপনীংবা, তাকপিয়ু ঠাকুর' নিংথৌগী ভক্তি ব্যবহার উবদা সুমঙ্গলনা হায়রকই। 'মহারাজ, ঐনা লাকচবগী মরমদি মহারাজগী নাক্তা মতম খরদং পন জগে লাকপনি। ঐগীনি হায়বা কনা লৈত্রে" সুমঙ্গলগী মপাউ তাবদা শ্রীবৎস নিংথৌনা পৌজানবীরে। "য়াম্না ফরে ঠাকুর ঐগী কোম্নুংদা লৈবিয়ু। ঐগী কোনুং অসিদা রাজ পণ্ডিত লৈজদরে। রাজ পণ্ডিত ওইবিয়ু। রাজ পণ্ডিত ওইনা হাপচরগে। ঐগী ইচানুপ অনিথক লৈজৈ। লাইরিক থর তম্বীয়ু ঠাকুর হাবিনীংবা চেং চাক, ঘী থাউ, ভণ্ডাদারদগী হাবীয়ু।" য়ানরে। রাজ পণ্ডিত হাপ্তুনা পুংজাইনা কোম্নুংদা লৈরে। নিত্তি মুমিৎ থুদিংগী নিংথৌ মচা অনিমু লাইরিক তম্বীবা হৌরে। মীওই-বগী দশা হায়রসি তম্বা ঙম্বা নত্তে; মথং মথং হৌনদুনা লাকই। হৌজিক সুমঙ্গল ব্রাহ্মনগী ভগ্যস্থান্দা শনিগী দৃষ্টি য়োরক্লে। শনিদেবনা ব্রাহ্মণগী ব্রহ্ম তেজ উবদা অঙকপা মশক ওইখরে; রাখল তৌরকই "সুমঙ্গল পণ্ডিতসে শগোলশেন গুরু গুম্বনি। শনি ঐনা কর্ম্ম ফল ফত্তবনা গ্রহগী নিংথৌদি ওইরগা লাইরিক্তি হৈহৌদরে। ব্রাহ্মনগী দশাদা চহি তরা চাগদৌরি; মসিগী মনুংদা ঐহাক লাইরিক তমহৌরগে" খন্দুনা ব্রাহ্মন মচা অমগী বেস শেত্তুনা উরিক নোগুন (১) থাংদুনা চন্দন নীংথিনা থিন্দুনা সূর্য্য লোক্তগী কুম্লক্লে, লাইরিক শঙদা থুংলরে। লাইরিক শঙ হেক য়োরকপদা

'হে গুরুদেব, গুরু.দবগী চরন্দা ভিক্ষা নিজরি. মহৈগী ভিক্ষা হাপ্পীযু। লাইরিক খর তম্বীযু" হায়ত্থনা খুরুমজৈ ব্রহ্মান্দা। সুমঙ্গল ব্রাহ্মননা 'ভক্তি লক্ষণ ফজবা ব্রাহ্মণ মচানি খন্দুনা তম্বীগে' হায়না হায়দোকখ্রে। মুমিৎ থুদিংগী লাইরিক তম্বীরে। লাইনা তম্বা বিদ্যাবু করম কয়া কুইনা চঙগ ন।

থা তরা শুবদা বিদ্যা পুম্বা তম্ব' লোইরে। খোখোম্না হৈরে। "থা তরা মহৈ তম্বা লোই.র। নঙগা মাল্লনা জ্ঞান লৈবা থেংনরক্ত্রি। নখাক অসিবু লাই মচারা? শগোলসেল গুকরা, ইরাই গুরুরা। অশুক পোৎবা বুদ্ধি মীনা ওইরোই। শোয়দনমক লাইমচা ওইবা তাক খল্লি। করে, ওইনীংবা অমা ওইজরো। লোয়নমা বিদ্যা পুম্বা হৈবা ওইরসনু" হায়না বর পীবিরে। মশিনা "হৈবা ওইজবগে" খুরুমই। মথা তনা হায়-জরকই শাননা "হে গুরু" গুরুদা মীনম্বগী দোষ ফংগনি, নরক তাগনি শগোলসেন গুরু, ইরাই গুরু নত্তে ঐহাক লাইমচা থাজৈশেংবনি। শনি হায়বত্থনি। গুরুগী ভাগ্যস্থান্দা ঐগী দশা লাকপদা. ঐগী দৃষ্টি তৌবদা গুরুগী লাইরিক হৈবা উবদা বিদ্যাগী মহৈনা ঐঙোন্দা খিক ররে মরম অত্থনা লাইরিক তম্বা লাকপনি। হৌজিক্তি অপনব' লৈতনা তম্বীরে। "একাক্ষরমপি দাংতু গুরু শিষ্যং প্রবোধয়েৎ"। গুরুনা শিষ্যবু ময়েক অমতং তম্বীরবসু গুরুগী লমন শিংনবা পোৎ মালেমদা খিবা ফদে হায়রি নীতি শাস্ত্রনা। মরম অদুনা গুরুগী দক্ষিণা কৎচরগে, অপাম্বা পোৎশক তাকপিয়ু"। শানিগী মপাউ তাবদা গুরু

থংখরে ” হে শনি, কনানা খঙগনি শনি নহাক্নি হায়বা। করে, হৌজিক্তি গুরুনি, দক্ষিণা কৎকে তাকপিবদো দক্ষিণা পিজরগে। শনিগী দৃষ্টিনা অদুগুম্বা অকনবা দৃষ্টি অদুদং কোক-পিয়ু, দক্ষিণা ওইনা পিজরে। গুরুগী ৱা তাবদা শনিনা হায়-রকই “হে গুরু য়াম্না তৌঙমন্নবা থবক্নি। য়াম্না লুবব ৱাশক্নি। শনিগী দশা হায়বদে চহি তরা চাগদবনি। মতম খরগী মনুংদা কোকপা য়াবা নত্তদো। অদুবু করে থুমা কোকে হায়রবদি শিবগা মান্নবা অকনবা, অৱাবা ফংগনি। শনিদশা কোক্নবা অৱাবা অদু খাঙবিরে।” শনিগী ৱা তাবদা গুরুনা য়ারদুনা “করে” “করে” হৈবুংঙৈ পুং তরাগী মনুংদা দশা কোকপিরে। অৱাবা অদু খাঙজরগে” হায়না হায়রক্লে। শনিনা মখা তানা গুরুগী মফমদা হায়জরকই “গুরুগীদমক্তা ৱাদবা ঙমদে। গুরু হায়বা অসি ইপা ইমাগা পাঙকক্নি। পুং তরাগী মনুংদা খাঙগদবা হায়-বদো অৱাইবা থবক নত্তেয়ে। মরম অদুনা শনি ঐগী মন্ত্রসে ধ্যান তৌনা ফমলগা পুং তরা শোনবিয়ু শোয়দনা দশা কোকনি। অসি হায়দুনা নাগা নাগা পরুদুনা মন্ত্র দান তৌরম্লে সুর্য্য লোক্তা হনখরে।

শনিনা তাকপিরম্বা মতুং ইন্না পীরম্বা মন্ত্র পুক্নিং চোইবা লৈতনা সুমঙ্গল ব্রাহ্মণ্না অচিকপা তুরেল মপান্দা, আসন্দা ফমদুনা শনি মন্ত্র শোন্দুনা লৈখরে। অসুম্না ধ্যান তৌদুনা মন্ত্র শোন-দুনা লৈরিঙৈদা লাইগী নোংদমদগী নিংথৌগী মচা অনিদো চোং ফন্দুনা শান্নদুনা গুরুনা লৈরিবা মাইগৈ অদোমদা য়োরক্লে।

গুরু ফমদুনা লৈবা উরে। মথং মনাউ অমম্ম ওইনা চত্থলক্লনা গুরুগী চরন শোক্লগা হংজরকই "হে গুরুদেব, মফম অসিদা করি তৌবিরমলিবনো? হুণ্ডলকপমক্তদা গুরুগী ধ্যান কায়রে। সুংশিরবা রাঙাঙনা "চৎলো' 'চৎলো' হৈচাশা, ইপা লাইনিং লিবনি, শাম্নরু" হায়দুনা বিদায় পীরে। অমুক হন্না ধ্যান তৌদুনা মন্ত্র শোল্লি। শোন্দুনসু ভঙ্গ ওইরে। নিয়ম কায়রে। মরম অদুনা শনি দৃস্টি, অরাবা দশা লাক্লে। শনিগী মীত্তগী মৈচাক লাক্লে। থুদক অদুমক্তদা নিংথৌগী কোম্নুংদা "নিংথৌ মচা অনি মাঙক্রে" হায়দুনা ব প্নরক্লে। কোম্নুং মনুংদা ইরাং লাঙনরে। কোয়চেম চেন্নরে। ময়াম চঙদুনা থিবা ফঙজবদা রজরানী কোম্নুংদগী মপান থোরক্লে। থিরক্লে। মায়গৈ শিন্দুংনা থিবদা ফংজ্রে অঙাওবগী পান্দমগুম নুংশি চৈবোংচৈ। মথং মথং অস্থম থিরকপদা ফমদুনা ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা মন্ত্র শোল্লবা গুরুগী লাইনিংফম শাক্তা নিংথৌগী মনাইশিং য়োংক্লে। শনিগী দৃষ্টি মৈচাক্লা মায়াগী কোক অনি ওইদুনা সুমঙ্গলগী তম্বাক্তা তারক্লে। নিংথৌ মচাগী কোক অনিগা চপ মান্নরবা, ঈতনা পূমঙাং ঙাংলবা অকিবগী মশক ওইরবা কোক অনিনা গুরুগী তম্বাক্তা ওনবদো নিংথৌ মনাইশিংনা উরক্লে। চেল্লক্লনা নিথৌদা হঙ্গৎলৈ। মচা শিরে তাবদা রাজরানী পাথক্তনা লোইরে। পন্থদনা চেললক্লনা য়েংঙি। গুরুগী তম্বাক্তা মচা অনিগী কোক তাদুনা লৈবা উরে। ধ্যান্দা পুক্লিং চঙখ্রবা সুমঙ্গলবু ময়াম্না কৌরকই। ময়াম্না কৌরকপা খোঞ্জেল তাবদা (২) ধ্যান কায়দুনা নয়ন্ থঙপাং

পাওৰি। মতম্বাক্তা অককপা কোক অদি অতুনা নৈবা অদু উবদা অতকপগা লোয়ননা ফল হেক্তা চোংখংলি। পাখংখ্র-ড়ুনা মখা থক থক নিকই। কিবনা লোইরে। মচাশী কোক উবদা নিংথৌনা চত্তলক্তনা হংরি। "হে ঠাকুর, পুক্লিং তপ্লা হায়য়ু মকম অ'সদা কবিগী লৈরম্মী? কনাগুখা ডাকুনা ইচা অনি হাংপরা? তম্বাক মথক্তা মকোক তাবা উবদা এথোয়না ঠাকুরবু চিংনদবা তমদ্রে। মরোল চুম্না হায়য়ু। পুন্সচেল্লবা পণ্ডিতনি নীংবনি; অসুম্না প পকী পুকচেল চেল্লমগনি কনানা খত্তংনি। নিংদো এগী থম্মোয়ু কায়রে! ইচা কায়নবগী মৈচাক্লা মহারাণীগী মিত্তা পিরা শিন্তুরিবসি করম্না য়েংশিগে? কনানা হাংপা ইচাবেঃ তশেংবা তাকপিয়ু। ডাকুনা হাত্তবা হুনজিন্নম্বরা করম তৌবা মওংনো লৈনা হায়য়ু ঠাকুর। কবিগী তকচানরি; খত্তকম থোকই।" নিংথৌগী রাহং তাবদা সুমঙ্গল খুম্বা তমদে। অপত্ত-বগুম পত্তখরে। মাহৈগে মরি কোয়না য়েংই। মতুংদা অরা সুংশি য়াম্নন তশেংবা রারম হায়রক্লে। "মহারাজ ইবুঙো অশেংবা রা হায়জগে। এনা মকম অসিদা মন্ত্রশোল্লিহৈদ, ধ্যান তৌনা কল্লিহৈদা নচা ইবুঙো অনিদু লাক্লম্মী। শাম্নক চৎলো হায়দুনা চংশল্লম্মী। ডাকুনা হাংলগা হুজিন্নম্ন হায়বসি তশেংবা খত্তদবা মক্লি। ননাই এদি তশেংবমক মন্ত্রশোন্দুনা লৈজবনি।

এনা হাংপা নংচদে। নিংথৌনা মথা তানা হায়রমই। ঠাকুরনা হায়রিবা রাদো লৌবা য়াবা নত্তে। অপত্তবা কনানা লৌগত্রা? অশি বমদি লৌররোই; প্রমাণ নাতৈ চাদে। এনা

খঙলে, অতৈ নত্তে ঃ—অঙাংশিংবু ঙকঃন্দূনা অচিকপদা হিʼচাবা ওইদুনা চাথোক্লবনি। নহাক হিʼচাবা তশেংবনি। মী লৈতবা তুরেল মপান্দা হাউনা চারবনি। ঈ অশাবা থকপদা পেল্লবনি। দেহ অনি চাবদা পুকথল্লদুনা কোক্তিচাবা ঙমদদুনা থম্লবনি। অদুগা ইনাইশিংনা থিরকপদা মীগী মখোল তারদুনা কোল (জাল) তৌদুনা নমিৎ উইশিনবনি। তশেংবা হিংচাবগী মরৈনি। য়াম্না কত্তবা মীনি। মসি হায়দুনা অশাওবগা লেʼয়ননা মনাইশিংদা হুকুম পী "সুমঙ্গল হায়বসি মখোঙ মথুৎ পুল্ল, মীহাৎপুংদা পুরগা মতিক চাবা দণ্ডি পিদুনা হাৎলুরো।" নিংথৌগী য়াথং ফংবদা সুমঙ্গল ব্রাহ্মণ মখোঙ মথুৎ পুনশিল্লে। অপমান পীরে। "অঙাং হাত্তুনা ঈ থকপা "হিʼচাবা" মৈ থাদুনা হাৎকদবনি। যাদু মন্ত্রনা শিক্ষা তৌদুবা নিʼথৌবু ঙকহনবা ঙম্বা পথাগী মথক্তা পুদুনা খোঙ্গোইনগে থুল্লক্তা" রা অসি হায়দুনা মারথীবা পীরে ময়ʼম্না। রাজ রাণী অনিনা মচাবু কোন্দুনা তেংথারে। ইমাগী ইবুংঙো সুংশিথোইবা ইমাগী ইতম্বাক্তগী থাদোক্তবা ইমাবু থাদোক্তুনা মচিন নমাউ হোনদুনা কদায়দা চৎখ্রে। ইমাগী ফীজিগী লল ওইবা ইবুʼঙো। 'ইমা' হায়না কৌবা খোঙ্গেলদু অমুত্তগুম থুম্বনি। সুংশি নপাউ তাগ্ররোইদো। ইমাবু করম হিংশিগে। মুক্তাপরেং তৎপগুম পিরাংনা ঈহৌদুনা রাজ রাণী অনিদো হিক্রা হিক্রা কপলকই। অসুম্না কপলুরবগী তুংদা মমিৎ কোরি কারদুনা, হোন্দোরকপা স্বরনা প্রলয় সুংশিৎঙম শাউনা হাররকই নিংথৌরেন অথৌবা থাঙনা কক্তুনা মীহাৎপুঙদা হাৎলুরো। মশক

অদু য়েংনিংদ্রে।" য়াথং অসি পীরম্লগা ৱাজ রাণী অনিমক কোল্লং তাম্না চৎখরে। নিংথৌ য়াথং ভুংইম্না মনাই ময়াম অছুনা মীহাৎ পুণ্ডদা পুখৎলক্লে সুমঙ্গল ব্রাহ্মণদো "কল্লিদা হে শনি গ্রহ পুম্নমক্কী নিংথৌ!" চহি তরা চাগদবা দশাবু পুং তরাদা পীবশি ঐভোন্দা। "হে ইবুংঙো ননাই শিগনি হায়বগী ৱাদে। প্রাননাথ শ্রীগোবিন্দগী নাম কাউহনবীগনু।" অসি হায়না সুমঙ্গল ব্রাহ্মণনা শ্রীকৃষ্ণবু স্মরণ তৌজরকই। অসুম পুরকপনা মীহাৎপুণ্ড য়োৱক্লে।

নিংথৌমচা অনিড়ুদি পুং তরা শুনবা শনিগী মায়ানা, শাম্নবদগী ৱাড়ুনা ভুৱেল মপান্দা শুমহুনা তুম্লম্মী। মীয়ামগী খোঞ্জেল তাবদা ইকং ফিংনা হোগত্নুনা কম্মী। মাংওইননা মীৎ পাঙহুনা য়েংই। গুরু সুমঙ্গল পুন্দুনা পুখিবা উদুনা ইঙক ঙক্লা মচিন মনাও জাওনৈ।" ঐখোয়গী ওঝাবু পুল্লিবসে কনানা পুল্লিবনো? কনাগী হুকুম্না ওইরিগবা? করি ৱাথোক্কী পুল্লিবা? কত্তবা কনাগী য়াথংনো? মীহাৎ পুণ্ডদা হাৎকে হায়বগী মঙংনি। থুনা থাদোকহল্লসি, অদু নত্রবদি হাৎখিবনা হানবা তাই" হায়ৱুনা জুংশিংক্লী মমাঙথানা য়াম্না য়াঙনা চেল্লক্লে। গুরুগী থৱাই কনগে চেল্লকপনা অনিমক মীহাৎপুণ্ড য়োৱক্লে। য়োৱকপমক্তদা সেনাপতিনা উৱক্লে; অঙাং অনিমক। মপুক্লিংদা নিংথৌমচা ওইরিগদ্রা ওইরিৱোইদ্রা হায়না চিংনৱে। হংঙকই "হা ইবুংঙো অনি নখোয় কনাগী মচানো? মীহাৎপুণ্ডদা চেল্লকপা করিগীনো? করি মরম লৈবগে।" অমনা থুম্মী সেনাপতি, ঐখোয় অনিবু

থঙবিত্রবরা ? ঐখোয় তুমেল মপান্দা শাম্নহুনা কোয়কই। মকম অমদা গুরু উমৈ। মতুগী তুংদা মায়কৈ অমদা অমুক চৎলি। শাম্নবদা ৱাড়ুনা কম্নগা পোৎথায়। তূম্লিংজুনা তূম্‌লে। ময়ামগী মখোল তাবদা মীকপ থোকই। গুরু পুন্দুনা পুথিবা উই। করি মরমগীনো করিগী পুল্লিবনো মগী মতিক চাবা করম্বা মরাল লৈবগে ? গুরু কনগে ল্লাকপনি।" রা অসি তাবদা নিংথৌগী চুত অহুম্নি। থুনা য়ঙনা চেল্লক্লে। কোজুং যৌরে। নিংথৌদা হঙলি 'মহারাজ ইবুংঙো, ইগা ইবুংঙো অনিদো গী-হাৎপুঙদা থুংলরে। সনা মীয়ৈং তাখিরে।" রাকম অসি তাবরা রাজ রাণী পাত্র মন্ত্রী পুম্নমক ঙকপগী পন্দোম য়ৌখরে। পুক্লিংদা থাঙবা ঙমদে। অত্রম ওইনবক চেল্লক্লে ময়াম পুম্নমক পাউ অত্তু তাবদা। অতাং মুবী অচল লম্মণ খোৎখোৎপা অমত্তা চিথদনা চাক থোংঙম্বী দুপী চাক থোংবা থ'দোক্তুনা চেল্লক্লে। মীহাৎপুঙদা থুংলরে। থাজ অনিমা পূম্না থোকপগুম মচা অনিবু উরক্লে। ময়াম মরক থায়না পরপ পরপ চঙশিনখিহুনা মথাদা চেৎনা কোনথৎলি। মপুক্লিংদা থাজত্রে ক'রনো তৌরিবসিবো অচুম্বা ইচা অনিচুরা ? মায়াগী অঙাংলা খম্না চিংনৈ। মথুৎ মথা পায়ঙনা নাম্দুনা য়েংই। অশিবরা অচঙবরা, ? ঙকপমা লোইরে রাজ রাণী। ইচা'ন, অচঙবনি হায়বা খঙলবদা কৌরক্লে কুংহিক্লনা, পিরাং ঈহৌনা রাণী। "ইমাগী ইবুঙো মুংশিথোইবা মকম কনায়দা লৈরুই ইচাদি। ইমাগী মিৎনহনি।" নিংথৌনা হায়রকই—"ইপাদি নখোয় শিত্রে হায়দুনা ঙাওথ্রদুনা চুমদকা

থবক তৌরুরে। হুরানবগী পান্দমগুম ব্রাহ্মনবু পুল্লুরে। ব্রাহ্মণ শাপ কিবনা নিক্লে ইপাগী থম্মোয়সে"। অসি হায়রগা মচা থম্মী, মথুংমক্রা পুল্লিবা ব্রাহ্মণ থাদোক্লে। বিনয় ভক্তি তৌদুনা হায়জররকই অম্রমা "মতিক চাউবা হে ঠাকুর। জ্ঞান লৈবা বুদ্ধি লৈব-নি, মহাপাপ তৌরুবা দোষ অপরাধ মাপ তৌবিয়ু মনাই অপঙবনি। ঠাকুরগী ভ্রাকপিহৈবা গুণনা ঙাকপিয়ু। ভ্রবদি সববনাশ ওইবা তারে। ফম্ববা রাঙাঙনা হৈক্করে; হাপহৈদবা হায়রুরে। গুরুগী চরন্দা শরনাগত তৌজরি; দয়া তৌবিয়ু। দয়া তৌদ্রবদি মনাই নরক থাবা তারে। ব্রহ্ম শাপকী মৈনা চাকথেকপা তারে।" পুকচেল চ উবা ক্ষমা দয়া লৈদবা সুমঙ্গলনা হায়রকই। হে মহারাজ; কিরুম্মু' "মক্নু'। মহ বাজগী দোষ অমত্তা লৈতে। শনিগী দশানি। শনিগী দশানা এনা অবাবা থাবনি। মীহাৎপুত্তদা পারমগনি। নৈগী কর্ম্ম দোষনি। মহাবাজগী দোষ লৈতে। হৌজিক্তি মচা ইংঙো অনি পুরগা কোক্ষংলোমদা লেংবিয়ো।" ব্রাহ্মণগী রাঙাঙ ফাবদা অযুক হয়া হংজি "হে ঠাকুর, মনাই ঐগী রাখয়া লাম্বা ফংদবা অঙকপা অদা লৈরি; অথুপ্পা রাকপি। হৌজিক্তি ইচা অনিস্ত লৈরমলেদো অদুবু ওশাই ঠাকুরগী তম্বাক্লো ককপদা ওয়রিনা ঈ তৈরবা হৌজিকসা কোক অ'ন লৈরয়া, মত্ত হিঙক্রুনা হৌজিক লাকপা, মাসগী বিবরন ঠাকুবাদ থঙলনিগনি, মরিকচুম্না তাকপীয়ু।

অসিগুম্বা মিত্রংসে মাংনা উবা ফংজদ্রি। করম্বা মিত্রংনো, কদি মায়ানো; তাকপিয়ু।" করম হায়না করি থুমসিগে থনবদা থনক্রম থঙদে ব্রাহ্মণনা।

অঙকপা ওইনা লৈরে। ব্রাহ্মণনা থল্লিডৈদা অতিয়াদা নোংলৈগী মুংশিংনা লৈবগুম উরু-উরু লৈয়ক্লে গ্রহরাজ শনিনা। হকচাংগী মপাম্মা ফুমনা হৌবা নোংগী কুচুদি। শংবাম্বা কান্তি মঙাম্লি অকাশবানী লাউরক্লে।

"হে রাজন শ্রীবৎস নিংথৌ, মুন্না তাও। ওসি শান্নরিবা লিলাগী মওং, থোকইবা থৌদোক পুন্নমক শনি ঐগী লিলানি। শনি ঐনা য়েংবদা সমত্রু কংহনবা ঙম্মনি। সনজীং কিন্থত্তুনা উফল ওলহনবা ঙম্মী। পুণ্য চেল্লবা শুমঙ্গলনা চহি তরা চাগদবা দশাবু পুং তরাগী মসুংদা দশা কোকে নীংই। মরম অদুনা শি-বমক্তগী হেনবা দশা কংবনি। অককপা কোক্রবু তুরেল মপান্দা করিগী লাক্বনি। শনি ঐগী লিলানি। শনি ঐগী দৃষ্টিগী মৈচ ক্লা অককপা কোক ওইদুনা তাবনি।" শনিনা লাউরক্লপা তাবদা তিল্লিবা মীয়াম পুন্নমক অকাশবানী তাদুনা ত্নাম্মন তুম্মিন লৈনরে। শ্রীবৎস নিংথৌনা মথুৎ অনি লায়রত্নবা প্রার্থনা তৌরকই "হে প্রভূ শনিদেব থুরুমজরি মনাইনা। ননাইগী বিদভ লৈবাকসে মকম পুম্বদা লাকপিয়ু। থৌজানবিদুনা মত্তিক চাউরবা দৃষ্টি থাদোকপিয়ু। শনিদেবগী পূজা কৎচগে। করি করি পোলম্না পূজা তৌগে? [illegible] কৎলগা ঐনা পেল্লে হায়বা পোৎলমদো অমুক্তো মুন্না তাকপিয়ু।"

নিংথৌগী মপাউ তাবদা পূজা বিধি পুন্নমক ফোংনা হায়বিরম্লগা। উবা অমুক কর্খিল্লরে। মতুগী তুংদা রাজ রাণী অনিনা মচা অনি পুন্থা কেম্মিং মাইগে পাংলকই। পাত্র মন্ত্রি, শুমঙ্গল ব্রাহ্মণ, মনাই, [illegible], অঙম অথৌ পুম্বনা থৌগল তৌরকই কোমুং য়োরগা পুন্সীগী পোৎলম শুনা লাওতুনা শনি পূজা কচ্চখি। ত্তিল্লম্লরা মী পুন্নমক শনিগী চরন্দা চত্তখি।

লোইরবা

## লেখক্কী লাইরিকশিং

১। শ্রীপকালী অনি — মমল লুপা ২.০০
২। শ্রীভক্তরাজ প্রহ্লাদ শৈরেং — মমল লুপা ৩.০০

ফংফম—মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল।